# "ইমা মীতৈ লৈম

# মনা লৈবাক লমনুংশি"

চপ্রম মোহন

"কোহিলংনা য়োং চাথংপগুম
অতনবনা মীওইবগী অমসুং
জাতিগী থম্মোয় চাথংলি—"

—স্মাইল্‌স্ !!

## —কংচবা—

পলেম লাইববী
পন্থৌ লাইরবা
অনিগী থয়া থঙ্বালদা
কংচরী তোল্লবা নচান
ইখুৎনা হেকচবা
লৈবাং চবোও—"ইমা নীংতে লৈম
সনা লৈবাক লমদংশি"
লেঁবিনকো লংনদন
পলেম-পন্থৌ অনিনা
পোক্‌চবা নচামরি খনবীহনা।



## ...খুদোল...

তমজরী খুদোল
থম্মোয তিংনা
মতমগী নকাবোলশিংগী মফমদা
ঐগী শৈরেং চনন নগাসি।



## ফোংজবা···চপ্রম মোহন

( বিন্নাকান্দি )



অহানবা খুংনম—মে, ১৯৮[illegible]

কোপী মশিং—৫০[illegible]নি

থৌদাং পুন্না অফোংবগীনি ।

মমল :— লুপা মঙাতনি ।

# ৱাহৈ খরদং

ইবুঙো চপ্রম শ্রীমোহন-ন শৈরেংজবা "ইমা মীতৈ লৈম সনা লৈবাক লমন্থংশি" হায়বা শৈরেং চবুল অসি ইবুঙোসিনা ইমাঙদা পাথোর্ক্লুনা তাহনবি। তাবদা যাম্না পেনৌজে। কাছাড়গী মণিপুরী সাহিত্তাগী লৈকোন্দা ফজবা মচাগী অনৌবা লৈবাংনি হায়না লৌজে। ওশামকাতি সাহিত্যিক নচচদে! চুম্না সাহিত্যবু পামজবদগী সাহিত্যিকশিংগী মতুং হন্নজে। অদুনা ঐনা পীজবা Comments কী কযা মমল লৈগনি খংজদে।

ইবুঙোসিনা অস্তুম পাথোকপদা "কবি সমরেন্দ্রগী লৈকোন" হায়বা শৈরেংসি হেক্ পাথোবকপদা খংপ্রেক থংডি ; মহাক্কী কবি অম ওইবগী শক্তম অত্থু খংনিঙ নিংশিংঙকই। ঐনা তোয়না উজ--ববা শক্তমনি। মহাক্কী "মমাং লৈকায় থম্বাল শাৎলে" অস--স্তুং "তেলঙ্গাদা বা খবা হাৎজবত্থু খংনিঙ নিংশিংলকই।

কাছাড়দা মণিপুরী সাহিত্যাগী পুক্কে যাম্না লাইরবি। অত্থুনা অস্তুম তৌদুনা অভস্থ পুথোকপীরকপা দবকাবনি।

ইবুঙো অসিবু ঐনা থরায় হকচাং যাওনা থাগৎচবি।

**ই. চন্দ্র সিংহ 'সাহিত্য ভূষণ'**
বানী পাড়া, শিলচর—১
৭, ১১, ৮০ ইং।

# ৱাহৈ খরা

লাইরিক অসি চপ্রম শ্রীমোহনগী অহানবা খুদোলনি । মণিপুরী সাহিত্যগী চাউখৎপগী খোংথাংদা কাছাড়দা লাইরিক ইবগী অকন্‌বা ইরাং অমা হোৗগৎলক্লিবসিগী মফমদা শক্তক য়াগনি হায়গনা চোংথোরক্লিবা চপ্রম শ্রীমোহনব পুক্নিং শেংনা থাগংনি ডি । অহানবা খুদোল ওইববক্ত পাবা য়াবা কবিতা কযা যাওই । ইচম চম্বা লোন্দা পুক্নিং হুণ্ডাইবা পোকহনবা মহাক্কী শৈরেংনা মহাক্কী অনিশুবা খুদোলগী মশক ঐখোযনা শাগংপা ঢক্নি ।

এসঃ ব্রজেশ্বর
১১।১১
৮০ ইং

# ৱাহৈ অনিদং

ইমা লমদমদগী তাম্না লৈবা ইমাগী মপারী মক্তপ চপ্রম শ্রীমোহন সিংহনা পনেমগী সাহিত্যগী লৈকোন্দা কাব্যগী অনৌবা খদোল অমদং তমজবা উবদা হবাওদবা ওমজদে। লৈশেম্বা ইবুংঙোনা মহাক্কী খোঙথাংসিবু মহৈ যালহনবা ওইসহ। মণিপুরী সাহিত্যবু পামজবা, কবিগী পুন্সিং চেংবা মক্তপ শ্রীমোহন্না মহাক্কী শৈরেংশিংদা সমাজকী হৌখিবদা লৈরম্বা ফজববু নীঙশিংতুনা ঙসিগী মকশিন্নক্রিবা সমাজকী শক্তমদা নীংঙমদনা ফোংদোক্রি। মতমগী সমাজতা চিংনবা, থাজদবা, অমদি খোইদাদবগী লাইনা অমা লৈনিবসি খুদোংবানা থিন্দুনা তাকপগা লোয়নননা মহেশাগী ফজবদা মায ওন শিনবগী দমক্তা খৌবাংবা উংলিবা কবি অসিদগী ঐখোয়না মাংচংকী সাহিত্যদা তেংগদবা আশা য়াম্না লৈবি। কবিতাশিংগী কযাম্ভি তোং রাংলি, মচু তাদ্রি। ৱাহৈ-ৱাতা খনবদা, হীরম খনবদস্ত ইনৌ নৌবা নমুনা তাংনা থেংনৈ। অনৌবা কবিগী অনৌবা ভেন্চারনি। ঐখোয়না পেনগদবদি "কবিতনা কবিতা পানরক্রবা মতম 'সিদা" কবি অসিনা কাব্য জগত্তা চঙশিল্লকপাসিনি। মহাক্কী আশা—"শকথিমি বীণা 'সি ঐগী"—হায়বসিমক Optimistic ওইবা Overture নি। আশাবাদী কবিসিগী কলমদগী কাবা—সুধাগী ইচেল কয়া চেল্লকথিনি হায়বদা ঐখোয়না থাজদবা ওমদে।

খৈরুদ্দিন চৌধুরী

১৯।১১।৮০

# নোঙ্লুক ৱাহৈ খরদং

ঐদি ইদোমতা নোক্লিংঙি হিঃ হিঃ লাউনা।' মরমদি ঐগী শৈরেংশিংসি তীঙ্ শোকপা, থম্মোয় পেৎপা, পুক্লিং হুংশিবা কয়া য়াওগনি নিংজদে। কলেজ লাইফ্তা শৈরেং মচা মঙা তরুক্তং খোৎচিন্খিবহ্ ঙসি চহি কুনগী মতুংদা ঐগী থম্মোয়দা মীকপ্ মচামা থোক্হল্লরী। মীস্থ শৈরেং পংইতা মই, পংফোংতা মফোংঙি, অদুবু মতৌ তমজকবদী নচ্চদে। মতমগী সমাজপু থম্মোয তিংনা মবিক খজিক্তং হুংশিজকবা শরুক্তগী ঐগী শৈবেং খরসি য়েন্নিং হুনখিবনি। হুনখিবা যেন্নিংসি মপুং মৱৈ ফাহঞ্জনিংহুনা মীযামগী মাংদা পুথোক-চবত্তনি। পুক্লিংনা তাবা এঙ্গাং ফংদবা মতমদা, হুমিৎহুগী পাং-শানবা অফংবা যেঙ্গাং চাহুনা লেনবগুম, মহাও মরেক য়াওত্রবা ঐগী শৈরেং খরসিস্থ অদুম্মক্ * * * * *

রাফম অমরোমদনা লৈহাও চেন্দবা লমদা পোকপনিনা রাখলস্থ অদুমক লৈহাও চেন্বা ৱাংলি; রাসায়নিক-সার শিজিন্নহুনা লৈহাও চেলহঃবা হোৎনগদৌবস্থ শেল-থ্ম মতীক-চানা লৈজদবনা চুম্না ঈশাগী ঈঙ্খোলনুংদা কোম্ মচা'মা তৌজহুনা শম্বী শনয়্ংগী "কোম্পোজ্ "সার" শেমজহুনা লৈহাও খরদং চেলহন্নবা হোৎনজ্রবতনি।

শৈরেংজবা—

**চপ্রম শ্রী মোহন**

( বিন্নাকান্দি )

# —য়াওফম তাকচবা—

## "ইমা মীতৈ লৈম
## সনা লৈবাক লমন্নুংশি"

লৈরি, লৈরি, লৈখিনি
ঐ খোম্নগী ইমাত্ত,
পলেম পোকপী ইমাত্ত ·
ঐখোম্নগী মীতৈ লৈম।

অনৌবা যুগকী, অনৌবা মন্ত্র
অনৌবা রাখল, অনৌবা রাশক
লৈরি মাংদা, কেক মাংদা
মালেমসিগী মাংদা হৌজিক।

জংগাই, ঈশৈ নোংমাই
খুংশা লোনশা, কলাগী কলা মূর্ত্তি
শগোল কাংজৈ, মুক্না কাংজৈ
থাংলোন লাংলোন, চেঞ্জোং-মাংজোং।

খোম্লাং লমন পুন্সিগী
পলেসমগীদি, ইমাগীদি
শিংলসি চিংমদনা, শিংলনি
থবাক লোংনা ম্নাহ্নবা, মালেমদা ঐখোম্নবা।

লৈরি, লৈরি, লৈখিনি
হকচাংদু লৈখিনি ঐখোম্নগী,
লৈখিনি ঐখোম্নগী থৱাইদুসু;
সনা লৈবাক লমন্নুংশি।

অরিবা পুরাণগী, অরিবা মন্ত্র
অরিবা ফিদস, অরিবা খুভম

লৈশি মাংদা মালেমসিগী মাংদা,
লৈরি চৌজিকনু শিংথাননা ;

—পাম্বোমদা পাজন
অকনবা অথৌবা,
কোঙ্গা রাথলগী লম্বী
অশেংবা অচুম্বা ;
থম্মোয়দা থোনা
অচেৎপা অরেপ্পা ।

---

## "কবি সমরেন্দ্রগী লৈকোন"

চৎলুসি ! শ্নেংলুসি ।
কে মাকুংগী মরুপশা !
সমরেন্দ্রগী লৈকোন
কবি সমরেন্দ্রগী লৈকোন ।

সাজ, নীংথিজৈ
পেজ, পাকচাওই
কবিগী লৈকোমনুং ।

প্রকৃতি তাইবংগী,
লৈকোমনুংগী লৈকোম্নি ;
কবিগী লৈকোনসি ।

মহৌশাগী লৈকোন্না
তাংজরী তাংথক নাইনা
কবিগী লৈকোমনুংদা ।

খুংশেমগী লৈকোম্না
নোংজ্ঞী পুক্রিং

ভেখংহল্লী থম্মোয়
মহোশা লৈকোম্নুংদগী
হেন্নজুম হেন্না ।

খংলে, খংজরে
ঐখোয়না মতুংদি
শক্লোন পুবী
প্রকৃতি ইমান' *
শিন্নবিবনি মখুংমক্তা
কবিগী 'সুম্ব'
পাক চাউরবা নীংথিজরবা
মতমগী লৈরাংগী
লৈকোন শেম্বদা ।

কনা খংদ উদনা
থাজবনি মখুংমক্তা
মশাক মথেলগী
মচু মচুগী
থাখল মীংম্লেংগী
লৈরাং লৈচনবু ।

মথোং থোংনা
চংলু থিজনা
তাইবং মালেমগী
পুক্লিং জুরবা
লৈরাং জাং কয়াবু,
থাজরিনে মখুংমক্তা
মীতৈ ইমাগী ,
মতমগী সাহিত্য লৈকোন্দা ।

অপোক্পী, পোমজাংনবী
লৈরাং জাং কয়ানা

ফুগাইনা, শাংকোয়বকৃপদা
   য়েল্লি লৈনয় হায়বা
ম'লংবগী মালংবনা
   ভাইবংগী বসন্ত
মালং তম্পাক্তা।

চাকনিংঙি ঐখোয়না —
      ঃৌজিক্তি চৌংলেয়া—
            কবিগী লৈকোমসি
               ইমা মীতৈ
            লৈমা লৈকোম্নুংগী
               পাকচাউরবা নীংথিজরবা
            লৈকোনগী লৈকোম্নি।

তিংঙং পানবা
   মথঙ মথেলগী
লেরাং জাং মাওরনম্ন,
   লেরাংগী লৈনম ন্নুংশিবনা
পুন্সি পেলহাল্লি;
   খম্নোয় তেকখংহল্লি
নাখল মীংয়েং
   মচা তাহলন্লি,
কবিগী চাবা
   লৈকোনগী লৈরাং লৈনরা।

ভারত শিনবা
   থন্নুংখ্রে ঙসিদি;
হয়েং শিনবা
   থন্নুংলনি মালেমদা।
শাংলিমথৈ কবিগী
   অমদি মহৌশাগী

লৈরাং জাং কয়াগা,
   উমিনি ঐখোয়না
পুক্লিং রাখলগী
   তংত্রবা ঈচেলগী
পাংমজবা মীংয়েংনা
   খোয়দকপা কবিগী
লৈনয়া হাপ্পবা লৈকোন্দা ।

---

## য়ু ঐগী পুন্সি

অঙকপনি ।
      য়ু ঐগী পুন্সি
ঐনা ভুমদবা লৈচে
      তাইবংদা
অচিকপদা, লমহাংদা, হোটেলদা
      থাইদগী হেনবদি
লৈকথেলগী মকমদা
      তাইবং লৈকথেলগী মকমদা ।

য়ু ঐগী পুন্সি
      অঙকপনি !
য়েক্রু পুন্বা
      খুদক্তা নুংশিনহল্লি
নুংশি পুন্বা
      খুদক্তা কায়নহল্লি
ঐগী ইথোদাং
      ঐনা পাংথোকচবদা,

তাইবংগী পুন্সিদু

চপ্ চপ্ মান্নহল্লী

কন'সু কমান তেলহন্দে।

য়ু ঐনা শান্নবনি

তাইবংগী মচু শংলবা

কুইস্ন, লীলা, মপৈ মপৈ

তাইবং মপু স্তাওদনা

মপুং মবৈমক ফাগ্রবসু।

সু ঐগী পুন্সি

অঙক্পনি ! অঙক্পা !

তাইবংগী

হ.রায় মঙা

মীগ' থানা

কক্ককমক্

পুম্লী ঐনা

নোরোক্কী কুণ্ডদা

পুথক্লী ঐনা

স্বর্গী অরোম্নবা

শান্তিগী, পুণ্যগী

লৈগী শযাদা

লৈগী শযাদা।

---

# চৎনবী ঈশৈ

ঈশৈ, ঈশৈ, ঈশৈ
　　মতমগী চৎনবী ঈশৈ
তাইবংগী তৎত্রবা ঈচেলনুংদা
　　শক্তি তাইবংনা
মতমগী চৎনবী ঈশৈ।

নুঙাশিংগী শমক্রুগী ঈশৈ
　　পানগী মায়থোংগী
লেংলি লৈংলিবা চিনবানগী
　　ভাঙ্রানবা থজাইগী
সিঁধ্র তৈবী হৈনৌতম্
　　নোকনী নোকমী মাইথোংরক্তা
শয়াং অনি অতম্মা
　　হাই হুম্পগী ঈশৈ।

পুক্লিংনা খোয়দারবা অমদি
　　তনিক তনিকপা
ঈপোমগী ঈথক অনিদা
　　মায়থোংদগী তারকপা
শয়েন শয়াং থরকপী
　　মচোয় মচোয়না
জগোই শাবগী ঈশৈ।

মায়রবা লৈমায় লেতেম
　　রাংলপ্ তোংলপ্ ফল্লয়া
লম্রবা নীঙ্গী নীঙ্জোন্দা
　　চোয়জায়নরবা শয়াংনা
তপ্ তপ্ মৈয়ুনা
　　নীঙতম্মা হাই-হুম্বগী ঈশৈ।

শোংলবা মোংশোং অমদি
নাপী মকারক্তপী
শক্তিগী মীৎয়েংঙম্
শানৌশিংগী শয়ারক্তপী
অয়োংপা মীৎয়েংগী ঈশৈ
ভারঙমদবা যৌবনগী
ঈশ্বং কী ঈশৈ, মপৈ মপৈ
লৈরাং খোইমু অনিগী
নাপদা চীক্লা পাউদমক্তৈ
পুন্সিরোলগী ঈকাকারবা
ঈশোমগী ঈশৈ, ভক্ত ভক্তবা।

কায়নবা, থ্রুংনবা
নুংশি ঈরৈগী ঈথিলা ;
অরা-নুংঙাইগী ঈশৈ ;
লোয়বা থম্বা নাইত্রবা
মীওইবা অমসুং মহৌশাগী
লেপত্রবা ঈচেল নুংশী
লাইশোন ঈশৈ
ভাইবংনা লিংলি মথৈ
থেকখিনি পুন্সি বসন্তগী
লৌরবা শাথেকসু
শকখিনি ওসিসু ভংভনা
মতমগী লৌরবা,. থোংলবা
য়েন্নিং হুল্লকপা কলাকারশিংনা
নিরাকারগী, নিরাকার ঈশৈ।

---

"মতমগী সাহিত্য লৈচন"

সাহিত্যনা খংহল্লী
মালেমদা
জাতিগী চাওখৎ ফিদম।

সাহিত্যনা তাকপীরি
পৃথিবীদা
জাতিগী লোনবু নুংশিবা।

ঐগী ইমা—
ইমালোনবু নুংশিরবদি
ইকায় খুম্‌মোয় কড়িগী
কনান মালেমদা।

তাম্ভোয়রে ওসি
অয়ুকী শক্তিক থবাওম
ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদা
ইমাগী মকত্রবা
ওন্‌না কন্‌বনা।

মচা ওয়বা ঐখোয়না
খংবীদ্রে, উবীদ্রে
ইমাগী শেংলবা ওনবু
ইমাগী মকত্রবা শেংলবা থম্মোয়বু।

তাকপীরি তৎতনা
ইমানা ঐখোয়দা
পোকপদগী শিবাফাও
তাইবংগী, ঐখোয়গী
শিন্‌থা পাওমেন—

নোঙ্বা কল্লু
অঙনবা থাদোকুউ।
নোঙ্বা কনুবঙনা
মাঙেমদা
পুক্নি মচৈ
য়াল্লি
চিংমদনা।

ওয়থোক্কবা রাখলনা
তুংওইননা থম,
ওয়গদৌবা লিংঙেল্লা
মাংদা থা;
রাশক লৌগনি পুক্লিংদা
ইমাগীয়াথং ফুংইল্লা।

মমানিংবা জাতিঙনা
চিংনদনা মাঙেমদা
মমাগী সাহিত্য লৈচন
হেনগৎহল্লী মগুণ
থোয়না হেন্নচুম হেন্না।

সাহিত্য লৈচন
শেংদোকপতনা,
সাহিত্য লৈচন
শেমগৎপতনা,
জাতিগী লেংমরবা থৌদাংনি।

জাতিগী মিংশেনুদি
সাহিত্যনি;
সাহিত্যনা জাতিগী
একমরেদি;

কাওননুংসি নহারোল ঐখোয়না
মীতৈ নহারোল ঐখোয়না।

হায়খি মতাং' মদা
প্রোঃ নীলকান্তনা
"মণিপুরী সাহিত্য
তশেংবা সময়'কী
মশক ইংপা ওইদ্রি"
করয়া ওইবা ঙমগনি?

টিঃ এসঃ এলিয়ংনা
হায়খি অমুকসু—
"কলাকার অমগী চাওখৎলকপদি
তত্তনা মশাবু থাদোকচবনি
তত্তনা লিশাংশিংনা মশাগী
মশাবু লুপ্শিঞ্জবনি।"

অমুকসু মতিক ময়াই নৈরবা
কবি সমরেন্দ্রনা হায়খি—
"রাখলগী মুক্তি ফংদ্রিবা
মীনায়গী য়োংঙ্গিলং
চপচানা কক্থৎপা ঙমদ্রিবা
অসিগুম্বা মণিপুরী সমাজদগী
মতমগী সাহিত্য আশা তৌরুবা
অরেম্বা ওইগনি।"

---

# খোংথিনি কোকিল ওসিস্থু

খোংজরে মখৌ পোওনা
মতমগী কোকিল
মপান নাইদ্রবা
ঋতুরাজ বসন্তগী
মওলবা হৈকোল
লৈকোম নুংদা ।

মহৌশা লাইরেম্বীনা
থারকপনি শেম্‌হনা
মহৌশাগী উমংদা
মহৌশা তাইবংগী শুমাংদা
তাইবংগী মেংলবা
ইংলবা তম্পাক্তা ।

"কু—হু" হায়বা খোন্থাংনা
শোইরাং খোইশাওমহল্লী
শাবী—শানৌ কয়াগী
রাখল থম্মোয়দা
শুশুনা হংহল্লী লিশাংশিংনা
রাহং কয়া কয়া ?
মপাম নাইদ্রবা বসন্ত অয়ুক্তা ।

অহিং তাংলৌ থেংলবদা
নাইতোম তানবী
পূর্ণিমা থাজনসু
শোংলবা মোংশোং অমদি
উরক রারক হৎতুনা
কোয়থি থিরি, কোয়চং চংলি
নংগী খোঞ্জেলদু লীহনা !

খোংলি, খোংখিনি
ওসিনু, হয়েংনু
প্রকৃতি তাইবংগী মৃত্তিনা
নৌহৌনা খোঙদোয় হুল্লকপদা
খোংলবা নৌরবা
মালেমগী শক্লোন নুংদা ।

লৈরি—নামিবনসু,
পুরি, পুখিনি
খোঞ্জেলহু লংগী
লোইবী চীংশাংগী নাপোমদা,
তাইবং পুক্লিংগী
হৈকোল হৈকোল্দা,
ইপোম নাইনা
অনি থোক্লা
"কু—হু" হায়না ।

---

## য়াওল্লকৃপা

অঙাংগী পুন্সিসু—
হোংঙি
নোংমা নোংমগী
ওল্লি পুক্লিংসু
মওল মওল ।

অঙাং ওইরিঙৈ
পুন্সিদা—
মহৈ মশিং
তম্লিঙৈ

ভন্দে মান্দে
তৌখিবা
নিংঙম্‌মকত্রে হৌজিক্তা
থম্মোয় 'সিনা কল্লকই ।

অতিয়াদা পাইরি
ঐগী য়াথঙসু
য়েংলি—
অতিয়াদগী
মালেমগী
য়াওল্লকপা ফিদমবু ।

য়াওল্লকপগী
মীয়া ওখোঙনা
নিংল্লি মাইকৈপুম্বা
চংক্রম খংদে
লম্মুক্লবা লম্বীগুম ।

কদায়দা চংবনি ?
থিঙংলি
মাইকৈপুম্ব
য়াওল্লকপগী
নিলখোংবনা ।

ঐস্সু নংগুম্বনি ।
চংকে তুংইন্না
তাকপিয়ুগবা ।
হে লম্বী চংপা
লমজিংবা ও ।

মাংখ্রে । মাংখ্রে ! মাংখ্রে !
ঐগী লম্বী মাংখ্রে !

ঐ লম্কুরে !

ঐ চৌফম থংব্রে ।

ঐ ফুংবংনরে ।

কদোমদনো ?   কদোমদনো
লম্বীসিবো ?

আঃ !

ওন্থোকপনি !

থোনাকবা

কনামনা

মরিংজেন ফুদোক্তুনা

তাকপিরদি লম্বীসি

ঐগী,

মৌজবা ওমগনি

মতুদতা শোয়দনা

পুন্সিগী

পন্থুংফম লম্বী

পন্থুংফম লম্বী ।

---

ঈরাৎচনিংঙি
মীওই অনিবু ।

খুৎকমজরি ঐনা—

থম্মোয় তিঙ্‌না

মীথল অনিদা

মতম খুদিং—

মফম খুদিং— ।

লোংজু-নুংশা
অশাক্ অয়াও কিদন।
শৃরিবা অমদি
হৃমাং ঈরী শিন্থনা,
মায়থোং কাহৎনা
লোয়ননা
লৈখোম্ লৈনাঙ্ থৈত্থনা,
মখুৎকী মথৈতনা
য়ুমগী, মীয়ামগী
চাকথুং ফিবু, থুংনবা হোৎনরিবা।

মীওইবনা
মীওইবগী
থবক পাঙথোক্লিবা
থাতুনা শাবা
পোৎশক গুয় কল্লবা
লোমীশিংগী থম্মোয়বু
খুরুম জরি
খুৎলোয়না
পুক্রিংলুপ্না, অহান্বদা।

অনিশুবদা—
প্রকৃতি মহৌশাবু
খুথম চেৎনা লাকশিন্দুনা
মীওইবনা
মীওই হকচাংগীদমক
নত্তনা
থরায়গী চীক্লাক
থিরি হল্লীবা,
মালেমগী—
লাইজনুংদা, লোকনুংদা

অমদি কৈনুংদা
জ্ঞান ধর্মগী মচাক,
পুক্কিং খোইজংনা
হল্লী থিরিবা ;

শুন্দ্রংদা অমদি
অতিয়াদা চৎতুনা
থরায় পানবা পান্দবা
গ্রহশিংগী লোকনুংদা
করি কৈ, কৈত
হল্লী থিরিবা ;
থরায় খুবাক্তা কাণ্ডুনা
জীবত্মাগীদমক
কায়বা অশেংবা
চাওখৎলম্বী ভাল্লিবা
মীওইশিংতবু—
খুরুমজগনি ঐনা
কোক্নোম্না, থম্মোয়মলুক্তা
পুন্সি সিদা ডিংলিঙৈ ।

---

## থাবল চোংবী

কৈশাবী—পাখং
পাখং সবী, মৌ সবী
পায়হনা চোংলি
খুৎশরুনা
অমগমগা
মেংলবা ইংলবা
থাবলগী
ঈপোমদা ।

বেণ্ড পার্টিনা
পীরি তাম্হা,
শাবি শানৌগী
নুংশি রাঙ্গীদা;
চোংনা চোংনা
মভেং পীরি
মপুংমক ফাগ্রবসু।

চাওখং জমদাংনি
মীতৈ ঐখোয়গী,
চুপ্রবা নেশানি
থাবল চোংবী;
নৈনরি থন্নরি
মীংচি খংনছুনা
নহারোল খরনা
থৌনাইদগুম।

মাইকৈ অমদা
নৈনরি অমত্তক,
মহৌশাগী চৌমচং
চাওখংলমদাং শেংলবা;
ইঙ্গাঙ্গিগী ওইরবসু
থাবলচোংবীনা
মীতৈ ইনাংকী
চাওখং রাথল.
অরাং ফিদম্
কৈরাক
ওইবা ওয়োম্লোই
তুংগীদমক্তা।

মফম মতমগী
য়াওল তুংইন্না

অফ—ফত্ত, লম্বী—থোং
মশক খঙনা চংকনি
ভাঙনৈ, শোয়ৈ,
লম্বী লমখাংদা
ম'চ মচিদা
মীয়ায় চল্লবা
মীয়াম খরনা ।

অপুম—অসা
উরগা
হৃয়িং খোয়াংবীনা
পাইশিনগুম,
প্রসাদ ভাকএ
চায়বগা—
পাইশিনৈ
ঙে্াং—ঙে্াং লাউনা
মসিবু মতমগী
চাওখং ফিদম্বা ?
সংস্কৃতিগী মঙালবা
মীতৈগী ?

অহুবু—
ওইরম্লে, ওন্থোকপনি !
শিদ লম্বী,
অয়াম খোয়াং
কোক্লবা
শিদলম্বী—
ঈহৌরকপগী;
লাওরি মতমগী

নহায়োলশিংনা
খোস্তোজবা য়াহৈনা।

সোয়োক লমজাওদা
করিজয়া পায়রবদি
লৈশাবী খুজেং,
চংগনি
লোকাগী শোয়দনা;
ঈজং দাবীসু
তানগনি লোয়ননা।

অহুবু—
থাবল চোংবী
চোংবদদি
য়াখল পুক্রিং
মকারায়া
খুজেং পালোয়ননা
চোংমিন্নৈ,
অরাম খোয়াংবসু
কোকৃমিন্নৈ মৌবনগী;
থমথেংহল্লী
মতমগী চংনবীসু।

থাবল চোংবীগী
ময়োল অমদি মরু হুন্‌খিবা
চংলিবা মতমগা
চুননা
মথি ফোংবদা—
সেকমাই, কৈয়েং,
অন্দ্রোনচিংবা;
মফমদনি মণিপুরগী।

তাঁজে সুম্না
নাকোংনা
পাওনিলখোল ওইনা
অচুম্বনি খনুজদ্রুনা।

---

## লৈচু অমগী লৈপরেং

ঙাম্নবিয়ু, খাঙবিয়ু
লেপ্পিয়ু চীঙগুম্ন
কুইররোম্ন মতমদু
নং ঐগী বসন্ত 'মা।

ঐনা খাজখিবা
লৈরাং কুন্দোসিস্নু
লৈশাং মপুংতম
মনা মরৈ
ফম্না পান
রানা খাংজরে
ঐবু ঙাইবদা
অকনবা মালংগী
ইথিন্ নুংদা
শাম্নবা নুংশাগী
মৈশাম্ভা।

ইংলবা তুরেলগী
লাইজ মরিক মরিক্না
চাইরি খন্মোম্নদা
তংতনা লৈরাংগী

তেকধৎনবা—
থম্মোয় লৈরাংগী,
শৎকায়নবা—
পুন্সি লৈরাংগী
নীঙতম্না, নুংঙায়না।

অযুক অঙনবদা
হেক্‌চৈ ঐনা
নুংতি নুমিৎ খুদিংগী
কৎচরী—
ইধুঙেঙা মাগী
খুন্না থম্বালদা
নিজরি—
ঐগী আশা
কায়ৎনবিগনু মাগা
তৎহনবীগনু পুন্সিগী
লৈরাং পরেংদু হুক্‌চবদা
নুংশিগীঙকশমনা
নুংশি মাগী ঙকশমদা।

---

## যুমগী ওঝা

লাক্রে ইমা
যুমগী ওঝা
ঐখোয়গী
যুমগী ওঝা।
ফিদা থায়
মমানা
যুমগী ওঝা।
ফম্বীয়ু।

অঙাং অনিনি
লাইরিক তম্লিবা
য়ুমগী ওঝানা
তম্বীরিবা ।

খঙদ্রে ওঝাবু ।
অঙাংশিংসি
কমদৌরিবা ?
করি ওইরিবা ?

সুম্মা রাম্নী
শামিম্নৈ
য়ুমগী ওঝাগা
মমাগা ।

লাইরিক তম্ফমশং
স্কুলদদি
ডাকপী তম্বীদ্রমালে
লাইরিক লাইও
রাকৎচৈ সুম্মা
মমানা
য়ুমগী ওঝাদা
ইংনা মেঙনা ।

ঙইরে হৌজিক্তি
লাইরিক তম্ফমশং
ওঝাশিংগীদি
রাম্নী ওফম শং ।

থাগী বেতন
হেনগৎপা
থাগী বেতন

ভাইবদা
রানা খাঙনরে
ওঝাশিংনা
শ্মোর ফুমনা
ছোন্দুনা
খুরায় নিরু।
অফিস রুমদা।

'সুমা রারী
শামিথৈ
যুমগী ওঝাগা
মমাগা।

অনৌবা গভর্মেন্ট
অনৌবা রুল
অনৌবা প্লান
:
পে কমিশনা—
চানবিরবদি,
রিভাইজ পে শেম্বীবা।
পোংচৈগী মমল
হাইগংগনা
চহি চহিগী,
লোইবা নাইদে
রারীনা
মতং মতং
ক্লাসকমগী
মহুৎশিন্না
অফিস্ রুমদা
এড্ভোকেট্কী
ডায়েরী ফাররী
ওঝাশিংনা।

মাইকৈ অমারোমদনা
অঙাংশিংনা
ক্লাসআ ঙুং ঙুং !

অহবু—

কো এডুকেশনগী
ক্লাসনি, স্কুলনি
কমদৌনি ?
চিক্রুবা কাদা
হেডমাষ্টারনা
কোক্ পায়ড়না
মুকুম মুকুম শোল্লী
মদোম্তা।

ওম্তোকপনি !
ওম্তোকপা !
লাইরবগী
মতম নত্রে
লাইরবগী
মফম কৈত্রে
লাইরবগী
মীচঙ্ মাঙত্রে
য়ুমগী ওঝা
থমদ্রবদি.
হায়খি ’সুয়া
য়ুমগী ওঝাদা
থবেং থবেং
হোন্দু না শ্বোরবু
মপুক্লিং নুংশিনা
মমা ওইবীনা।

# মীতৈ খুল্লাকপা

ফৌ শংবাইদা
অমাদমক পীরিবেঁ,
থ্রীকী সভ্যতানা
মঙাল নৌমা পীরিবেঁ
মুস্লানবগী ঙাচেৎ-পুমচেৎ
নুপীনা পুরিবেঁ
মমাশিজ লৈশাক্লিবেঁ
ব্রাথম্মা লুপলিবেঁ
রামরকখি তুংলোমদগী
লমগী মপন্না ফি ফি কাম্না,
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি।

ইংরেজী লোন তম্লবদি
করিগুম্বা মতমহৃদা
নক্ক কোক্কুনা তৈগনি
মায়ঙং-গুনু তিম্রনা
পাপ অহু কোক্লবা,
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি,
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি।

শ্রাদ্ধা কর্ম অমদি
লুহোঙ—খোঙদোঙদা
লৌ ইঙ্খোল
থমত্রবদি বঙ্কোক্
কন্না পেম্লগনি
মীয়ামনা, সমাজনা ?

করুম্মা ফজদে
        হায়গনি লাই—গুরুনা ?
করিগী মস্মেং
        তাহম্মী শাপৈগী ?
ঐদি মীতৈভ খুল্লাকপনি
        ঐদি মীতৈভ খুল্লাকপনি ।

বিজ্ঞানগী কৈকথেন্দা
        নুপীনা কৈকথেন কাহ্না
অমাঙ—অক্তোং শঙনবা
        পৈশা শেন্দোং পারিবৈঙ
লৌখি পৈশা নিহ্না
        ঐনা ঐগী নুপীদগী
ফূরিং ফৈজোম
        নাম্না শেং
জল, বোরা ,
        চা, চুরুট
কারী কৈকথেল
        হোটেলদা
লৈহ্না চারী
        নিংদোন্ থুম্না ।
ঐদি মীতৈভ খুল্লাকপনি,
        ঐদি মীতৈভ খুল্লাকপনি ।

———

## লৈরাংনা লৈশাং তম্মকপদা

শাংলু ! শাংলু ! শাংলু !
        ফূগাইনা শাংলু !
লৈরনু পোমদুনা
        লৈশাং থমদুনা ।
চাদা লৈরাং
        শকহেনবী ও !

পলেম-পন্থোগী
        কোত্তনি খনবরা ।
লৈরাংগী পুন্সিহু,
        নুংশি কোনবু
থমদুনা তাম্না, লাপ্পা ?
        চাদা লৈরাং
শকহেনবী ও !

মঙগী মঙ্—ঙক্কুনি
        তাইবং অসি
'হুত্তে মঙখিবা মঙদু
        মঙমক্তি অশেঙবা
তাইবং নত্তে
        কাওগনুক্কো ।
শকহেনবী লৈরাং ও !

মানা—মানা
        পামজবা নীঙজবা
মামা মানা
        ফংবা ওন্মী
কন্নিগুম্বা পুক্রিং চেংবা
        নীঙলবদি তাইবংদা ।

বসন্ত মালং
        পুন্সিগুম
নীঙতম পুন্সিনি
        লৈরাংগীদি
পালেম পন্থৌগীদি
        মালংগীশম্বন্দা।

লৈরাংনা লৈশাং
        ঙম্মকপদা
নোংবানগী
        শক্তম লৌবদা
ঙম্লোম্ব থিংবা
        কনানা তাইবংদা।

অপাম নুংশি
        ম্বাওন্দা
লৈরাংগীদি
        অমম্বনি সংসারসি
নুংশি নুংঙোন্ রাম্বীনা
        চাক্লবনি লাইম্মগুম্ব'

বসন্তগী হারবা
        হৈনম লৈনমদি
চাক্লবা থম্মোম্বনি
        লৈরাংগী,
বসন্ত মালং
        ইথিন্নুংদা।

নুংশি লম্বীদি
        পন্থুংফম থঙদবা
পুন্সিগী লম্বীনি,

নুংশি পন্থুংদি
অশেংবনি পুন্সিগী
লৈহাপ থনবা য়েন্দায়গুম।

মালেম পাম্খিসি
নুংশিগী লানফম্নি
নুংশিগী তুংনফমনি
নুংশিগী হিদেন্নি
কাওগন্নুকো, কাওগনু !
হাদা লৈরাং শকতেনবীও !

---

## শেগায়রবা য়ুম্

নোং চুরক্লে য়ুম য়ুরক্লে
ঐগী লৈফম লৈতরে
অঙাং নারা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা ।

পলেম নংনা উহিয়ু
পন্থৌ নংনা য়েংবিয়ু
অঙাং নারা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা ।

হৌজিক্কী চারাদি চাজরে
হৌরেনগী চাক্লেন্দি লৈজদে
অঙাং নারা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা ।

মুংশা লৈমা থোরক্লো
নোংজু লৈমা চংথরো
অঙাং নাৱা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রগা ।

ঐগী উজদে সংসারদা কনা
খঙবীদ্রে খঙনা-খঙনা
উবিদ্রে উনা-উনা
অঙাং নাৱা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা ।

য়েঙঙু ! য়েঙঙু ! নমিৎ থিংনা
য়েঙঙু ! নখোয় পুক্রিং চঙনা
কনানা করি তৌরি মালেমদা
অঙাং নাৱা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রব ।

পাম্বোম পাঙ্গনগী মহুৎসিন্না
কোক্রা কলম্না থাংশাং ওইরি
রাখলগী মৈরানা লমজিং ওইরি
অঙাং নাৱা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা ।

কনানা করি হায়রিবা মালেমদা
ধর্ম-নীতিগী মহুৎশিন্না
চুপ্‌লি পায়রি রাজনীতিনা
অঙাং নাৱা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা ।

# নারান্দর গী নুমিদাংদা

রাকচীং থাগী মথংশিংনা
নোংমাইজিং নুমিৎঅহুম্নিবু
নোংগোবীনা লাইজ ঈশিং
খোরাংনা রানা ঙায়বগুম
ঙায়নরি থমোয় কংনা
শাবি-শানৌশিংনা খোরাংনা।

মশাবী মথংলেন শিংনা
মাইকী ভাড়া, লোয়ননা
হীগী ভাড়াসু
এড্‌ভান্স বুকিং তৌগ্রে
ঙায়নরি নুমিৎচু অরাম খোরাংনা
চৎকদোবা মখোয়না, পুক্লিং মকারায়্না ।

"বোর" পীনহৈবা "নারাইন্দর বাবা" নসু
খোরাংনা ঙায়রী নুমিৎচু।
হায়না হায়না, থন্না, থন্না
মোরক্লে নুমিৎচু মখোয়গী
হৈ-লৈ অথুম-অহাও
কংনবা পুজম্মী "হবুঙেঙা" মঙোম্দা ।

মাইক্ খোংবা নিপাসু
শানখ্রে আধুনিকী ঈশৈ
থুংখ্রে শন্দনা মফমহুদা
কৎখ্রে হৈ-লৈসু চিংনদনা
নিজখ্রে "বোর" সু থুংলোয়না
শাবী-শনৌ অনিনা মথং মথং
লিংজবা আশা থুংহনবিয়ু
ঙসি কৌবা নুমিদাংদা ।

থৌজানবীরে, শীবিরে "বোর"
শীনহৈবা ইবুঙেঙা মানা,
চীমায় লৈবগা, হৌগ্রে পুন্সিরোল
থংনহল্লে খুদক্তা, নুমিৎতুগী নুমিদাংদা
খুৎশয়না কুম্মিনগ্রে, নুংশি ঈরৈ ম্লেংহুনা
পুন্সী গী হিদেন্দা, আশাময়োন চোংনগ্রে
ভাইবং মপুবুস্ন্ নিংনগ্রে, চেৎনা পুক্লিং
"নারান্দর বাবা" গী থৌজালদগী ।

---

## নোংচুপকী নোংথাং জগোই

চুরক্লি নোংনা
ঝম্ ঝম্ লাউনা
শিংলক্লি নুংশিৎনা
উ—উ— লাউনা
নোংচুপকী নোংথাংনা
জগোয় শাক্র শায়
ভস্মকুই ভারতকী
নোংপোক চারমপাংনা ।

চুররে শিংলরে
মীৎ—মায়
শাংব ঙমদমথৈ ।
মরক মরক্তসু
অপায়বা থরায়না
শারক্লি জগোই
নোংথাংঙম ।

নোংচুপকী—
        নোংথাং অগোইনা
মালেম শিনবা থুংনা
        য়েল্লরি, শিল্লরি ভংভনা
অল্লাম খোল্লাং কোক্রুনা
        শিম্মাগী ঈচাও পাম্ব
        মতমগী নহারোলশিংনা
            নহারোলদা— ।

---

## য়াউশং নুমিৎ মঙাল

মীতোপ জাতিগী ওইরবা
        হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবাতুং
মীতৈ না—
        য়াউশং য়াউশং য়াউশং ।

লৈশাবী—পাখং—মৌ
        হনু—হনুবী—অঙাং অপিশক
মী গী থোংজিন্দা চংদুনা
        নিল্লি ভিক্ষা চাকনি ফিনিগুম
হরি হরি বোল্লা—কে—হরি ।

হরাও কুম্মৈগী ঈচেলনুংদা
ওয়ল্লি মীতৈ গী লুচিংবা
        য়াউশং য়াউশং য়াউশং ।

মী মচা অত্তোনবত্তনা
        চংকদৌনি শাজং'সি
মাংননিঙায় ওয়রবা

মীতৈ গী শাজং শাওং
স্নাউশং স্নাউশং স্নাউশং।

নিবগা লোয়ননা মুক্লি নৈপশা
ভাওরবা পাখংগী খাওনুংদগী
খনৃখি পাখংবা—
নোংমদি 'ভুনা
নৈশাবী কাব স্নারনি হৌজিক।

পিচকারী কাপ্পী—
হনু—হনুবীদা,
অঙাংশিশক শিংনা হরাও তয়াম্না;
উফ্রন অঙাংব—
আবের তৈবী,
পোম্বনারী শিংদা, বোয়শিংনা।
উফুন অঙোবা—
পাউডর তৈরী,
চেংনা নুংশিনা, কোন্দুনা পাখংনা;
নৈমুন ফারক্রবী নৈশাবীশিংদা।

মতম 'ভু লাক্লে খনুবগী
মতম সিমক্কুদা, হৌজিক ঐখোয়
লু—লুক্লা মখিক চুম্না, খোন্থোক্তনা—
মীতৈ খুমাইগী মওং মাওপ্রবা ফিদমশিং।

নৈখা তাহল্লিবা মী মাংদা
লোয়ননা—
অমাংবত্তা শরুক ওইরিবা
মতম মাংহনবা, শেল মাংহনবা
হাংন খিম্নবা, ঐখোয় ইশেন
খ্বাইদগী মরু অমাংবদি লমচং

থাদোক্লসি, কাওথোক্লসি, মুংহল্লসি
মতমদা চুননা চংলসি লিচিং মান্নরা
নৈলেমলক্কী লোয়নবকপা ওন্নবসু
মীতৈ গী—
মাউশং মাউশং মাউশং ।

---

## ঐখোয় অমত্তনি

মফম মতমগী মাওন তুংইন্না
জাতিশিংগী খোঙচংসু
কোয়চং চংলি মালেমদা ।
মীতৈ জাতি ঐখোয়সু
মালেম নৈকোয়বুঙ অমদি
অরিবা ইতিহাসনা সাক্ষী পীরি—
চহি তরেং খুম্নাকপদা
ব্রিটিশনসু মণিপুর লোইচিল্লিবৈ মাঙ
শিলেট, ত্রিপুরা, কাছাড়, নবদ্বীপ
মচোই মচোই শেংননা নৈথি
চৌজিক ঐখোয় অমত্তনি ।

ঐখোয়গী পুক্রিং ইথিন্দি
মী মরক্কী অথোয়বা
নৈপাক নৈমগী অথোয়বা মচা
শানৈগী মৈতান অরাবা
ওইফম থোকই, নৈফম থোকই
মতমগী ওইবা, মতমগী নহারোলদা ।

অরা কোকথোং পুরিবী
রায় কৌবতা হায়জদ্রবী

ইমাগী মাথংবু কোক্তাথোং
থবক্তা, মাথন্দা, মাঙাংদা
পুক্রিং খোমজংনা, মৈরিক খোকৃনা
মালেমগী মীমাঙদা খঙহনবা
ওইরে মতম ঐখোয় অমত্তুগী।

---

## কপ্লি নোংখোংগুম

কাক্লেনগী মৈশারক্তা
ইঙাগী নোংহৌরক্তা
অহিং নুংথিল কাংদনা
মচাবু কোল্ল কোল্ল
কপ্লি হিক্রা চিরা
মপুরোয়বু নিংশিং নিংশিং
নুপীজা ওইবী লুপ্লাবীনা।

মপুরোয়বা নোনা কায়নবনা
জো—ইঙ্খোল খরনা
পুন্সি লেল্লি মমা মচাগী
লৈজরিবা খরনা চিরি—চিরি।

মচাগী পুংশি শক্তমবু
মুনা মুনা কোয়না য়েংলৈ
লৈখিদ্রবা মপুরোয়গী
পুন্সি মুত্তি নীঙশিঙনা।

ঋতুগী মাওল তুংইনা
মাঙলক্লে, থুংলরে
মরৈ লিশিং লিশিং তমহনা

থরাম্ন মীহুম শুম্ববা
থমোম্ন চে'থৈ মুথি লৌহনা
উ—উ লাউনা লাউনা
যুম—কৈ—উ রা
ভেকথি চাইথখি লৈমাম্নথক্তা
ব্রম্ ব্রম ব্রেক্ ব্রেক্
কপ্লি হিক্রা হিক্রা
নুপীক্তা ওইবী লুখ্রাবীনা।

লেপথ্রে নোংলৈ—নুংশিৎ
পুরক্লি 'হবু পাউনিজখোল 'মা
মহূ মরাম্ন চমথরক্লবা
নোংচুপকী লোংগোংগ্না
লুখ্রাবীগী মরানম্নাম্ন তম।

অঙাং নরা ওইরবা 'মা
ফুরিৎ শেগাম্নবা অমা লীৎ
খোঙচ্রে উ মশাক থোক্তপা 'মা শেং
তাংনা লৈরে ফিংদম্না
উগী উথাদা নন্দুনা
মাক্রয়ারী দোকানগী
খোংনাং উক্তাও, নাক্তা।

ওইরমগনি চিংনবনা
চংখিবনি উচাদো
থাখিবনি দোকানদা
লৈকনবা অ:টা কিলো, 'মা।

ওরাংদগী চাম্নক্রবনা
চাংথাম চত্তংনথবনা
মপুক তপ্ মপত্রবনি
কুশাৎ কুৎপ্রবনী মমিংও।

ফনেক ফিজি শেগায়বা শেৎ
খ্বাংচেৎ মচি কয়া লাকশিন
পাওনিলখোল তম্না তম্না
মশবীনা মচা কৌশুম
মচাবু কোর কোর
চেন্‌খি খুহক থানা
মমা ওইবা লুপ্রাবীনা।

ওইরম্লে মচাহু অশেংবা
পুন্সিগী থাওমৈ অশেংবহ
ও ' মুৎত্রে থাওমৈহু খুদক্তা
মমাগী থমোয়দা পীরম্লগা মঙালহ্ন।

মঙালহনগী মশেক্লা
যৈঃহৌরে কেমহুম হেন্না
চাকহৌবে লম্মৈ মমাগী থমোয়দা
মুৎঙমদবা মৈচাক্কী লম্মৈশুম,

আটা কিলো 'মানা অঙাংসিগী
লৌত্রে য়াইবী মংলানশুম
পীদোম্না হায়নৈ মীয়ামা
থমোয় শোক্না শোনৈ—
ও ' ওস্তোকপনিদা ! ওস্তোকপনিদা !

# থমোয় অনি কে—কু লোৎলি

অচুম—অরান
        নৈত্রবা মাকেম
অরূবা ঈশিং
        অনৈবা ঈশিং
চেল্লি ঈচেল
        মফম অমওদা।

কনানা কনাবু
        য়েংবা ঙমদ্রবা,
খুৎকী মহুৎতা
        চিন্না থবক
শুরবা মতম
        থম্মোয় অনি
কে—কু লোৎলি।

পুক্লিগা থবক্তা
        চৎমিন্নরি খুৎশয়না
অমনা অমবু
        থাদোক্তে, মীরায়দে
কোরিলেটিভ্—রিলেটিভ্
শেৎনা থায়নবদা
        কনাগী মতিক থোকত্রবদা,
থম্মোয় অনি
        কে—কু লোৎলি।

অন্ধ বিশ্বাস কী
        ময়ুবা লোকনুংদা
চৎনবী র:য়েলগী রাংমদা

থবোয় অনি
কে—কু লোংলি।

## ঐগী মংলান অমদা

উরম্মী ঐগী নন্দিনী, ঐগী নন্দিনী
নহান অহিংগী ঐগী মংলান 'মদা।

চীক্লবা লৈচিল্লকী থাজগী
পীক্লবা ঐগী থমোয় লকানুংদা—
উরিরৈগী মখোংদা তুক্লনা
থম্মোয় হীক্লা কপ্পুনা
ভেংথাখি নন্দিনিনা
থমোয় চেংবা কোন্দ্রনা।

চায়খি সুম্মা অমুকসু,
- "মপোক ফনা পোকপী
হাদা উরি নংদি—
ফংলেদো য়েংচবা নাক্তা
নীংতম পাংমেলদা
নীংতম্মা নুংঙাইরনা"।

—"পাংচক্লেদো নকারাম্মা
নীংতম মালেমগী
মালংগী শরন্নুংদা।"

—"চীক্লা লৈলম চাওবী
হাদা উরি নংদি!
কল্লক চাউবা নত্রগা

য়েংখি পুকচেল ফনা 'মনা
হেকখিনি ফিবনা
স্বর্গগী লৈকোন তম্
নশা নরেং ফন্না শাংলিবোয়" ।

নত্রগা,—

শাবি-শানৌ কম্নাগী
ছন্দোরূপা ওমস্রবা
পুঙমস্রবা পোংলুম কম্নাবু
নমিংথিংনা য়েংলিব্রা
ভারিব্রা নাকোং ফম্না
থিরিব্রা রাখলগী রাংমদা ???

---

## ভরেঙ লৈম

ভরেঙ লৈম শিল্লেমা
মীতৈগীদি নল্লেমা
ওইখি গান্ধীজীগীদি
নীঙতম খুংলায় ভারতকী
নেঙ্ নেঙ্ নেঙ্ কোং
নেঙ্ নেঙ্ নেঙ্ কোং ।

লাইরবী ইমা ইন্দোনশিংনা
মপাল্লী নমদা পো, অম্পাক্তা থম্
লংহুম মপুং ভাগ্নরি
রারবা জগৎকী ঈশৈবু শক্ত্না
কুস্বী-কালেন, নোংজু-নুংশা খাক্তনা
কুপ্না-পোনা নাইহ্না
চাকথ্নং ফিবু ভাল্লিবা য়ুমগী

থমোয় লুক্রা, থরায় য়াওনা
নাইজক্সি তরেং য়ুমকৈমনা
নেঙ্ নেঙ্ নেঙ্ কোং
নেঙ্ নেঙ্ নেঙ্ কোং ।

ওইব্রি তক্লেঙ্না য়াত্রা লম্বী য়াইফবী
মীতৈ ইনাংকী লুহোংপেং-উন্ অহানবদা
ইমুং মনুংগী ঈরাং পুজাদসু
লং-অহিংবা নত্তনা য়াদে অতোপ্পা 'মা
কোয়ায় হকচাংদা ফিদেং ওইনা
যোগী, মুনি ঋষিশিং অমদি
শক্লাইবা মীথোই মীকেনশীংগী
য়ুংনা নাইবা অনাইলং ফিজনা ।

---

## " নহা পুক্লিংগী থৌনা "

থম্বাল মথোক্তা
        পাল্লি তিংথং
    অহুমু ঐদি—
        তিংথংদা শাংলিবা
    থম্বালহুত্তবু পামজৈ ।

কেতুকী লৈরাংসু
        য়োম্মী তিংথংনা
            মশাপুম্বা লোয়না
            অহুবু মাগী—
মনম্মা থম্মোয়গী
        নুংশি চাংহাপকংপনা
            পামজৈ কেতুকী লৈ—অহুতবু ।

ভানসি ভানসি
ভানসি ভংভনা
মী ভোপ মীয়ামগী মাংদা
ভাইবংসিগী, মালেমসিগী ;
অথোয়বা অহেনবা
মীথোয় মীহেনবা
জগৎ মন্ডালগী
ভাংবল থক্তা।

ঈরাং ফরাংদা
অমদি লীলা ফালাদা
ফেশোন্দা অমদি উপন্যাসতা
পুরিং রাখল
লুপহনদৈ শকক
খোং চোংলগা
চিন চোংপন।
হেন্নেম হেন্না
পামৈজ ঐদি।

পামৈজ চেন্না
ম্যাইদগী অমুক্কা।
মতমগা চুননা—
We live in deeds
Not in years in thoughts
Not in breaths
অদুবু ঐখোয়দি
We do not live.
We merely exist.

# "আধ্যাত্মিকী জগৎ"

ওইখি ভারতকী লৌবুক্তা "রবীন্দ্র"
ওইখি লৌবুকী লৌখোয়রবনা "গান্ধী"
ওইখি মহৈ—মরোং লোকপনা "নেহেরু"
মচিন্ মম্না থৌরবা তুম্নবা
বিজ্ঞানগী জগত্তা—
ফংজখি জীবাত্মাদগী "মহাত্মা"
ফংজখি কবিদগী "বিশ্বকবি"
ফংজখি চীরম পূম্বা খঙবদা "পণ্ডিতজী"।

রামকৃষ্ণ, বিবেকানন্দ, অরবিন্দ
ফংজখি গুরুচবা মুক্তা পরেং
মালেমদা
পরমহংসদেব, স্বামী, ঋষি
মিংথোলফম।

Spiritual progress না
লৈবাক্নীনি, মীয়ামগীনি
Spiritual ideal না
খুঙ্গংগীনি লৈকায়গীনি
আধ্যাত্মিকী অশেংবা য়ুম্ফম্
মীওইবগী।

ওইখি, ওইরি—মৈ, ঈশিং, নুংশিংনা
আধ্যাত্মিকী লমজিং মৈরা তাইবংগী
লৈপাক অমসুং অভিরানা ওইরি
আধ্যাত্মিকী লমনুংশি
মালেমদা।

হিংলি তাইবং ঐখোয় পুম্নমক্
মঙাসিগী গর্ভনুংদা, ভম্পাক্তা

অহুবু, তিনখিনি তিনখিনি
খঙহৌদনা জীবপুস্থ অমুক
মক্ষম অমত্তদা, মতম অমত্তদা
আধ্যাত্মিকী জগত্তা—
মৈখু শুইনা, মৈচিম শুয়া ।

———

## —তেনৱা—

তে ঃ । তে ঃ ! তেঃ ।
খোংলি তেনৱানা
তাইবংবু শুক্লাংপা চেক্লানি
তাইবং মপুগী হুতনি ।

নোংমা হায়খি
ঐঙোন্দা মানা
শুফাংত্রবা লোন্দা—

"থৱায় অসি খাংজবা ৱারে
খিংতা থাদোকপীরো
পোন্দগী—
ঐবু " ।

ঐনা খনখি ইদোমতা
ৱানা খাঙলে তেনৱাসি
মনিঙ মখা তমজদ্রে
ফংজদ্রে নীঙতম পুন্সি ।

ঐগী পুন্সিসু 'সুয়া
করিগুম্বদা থোক্লবদি
ঙমজরোয় খাংঙবা

মীৎকুপ 'মা ক্ষাও ;
পোকঙমদ্রবা মপোক্লি
ফংঙমদ্রবা পুন্সিনি
থাদোকপীরগে থল্লে—
পোন্দগী মনীঙ্ ভস্নাব ।

---

## ভম্পাক লমগী ফজবা মায়থোঙ

কৌবুক ! অশংবা কৌবুক
নোং ! অমংবা নোং
চীং ! পনশানা মংলবা চীং
পাৎ ! লাইজনা থল্লবা
লংলবা পাৎ ।

কঙ্গাম মপান, শালু মচু
লৈতেংদুনা চৎলি ফিজেৎনা
চান্নবী খোংথাংদা পুজাশিংনা
খুৎতা ম্যান্দুনা চা-স্নোম্বু
অশংবা কৌবুকী কৌরক্তা ।

উরোক পরেং পরেং লোয়নবা
ঙানু থংগোং পরেং পরেংসু
শাখপ্ ভোয়না ভোয়না খপুন্না
চাকতফম থিনা কোইপাই পায়রি
মুরবা অম'বা নোংগী মরক্তা ।

নোংলৈ নুংশিৎ অঙাওবন
মালেম কোয়না শিৎপা ঙাক্তুনা
লৈচিন নোংফাইগী শায়বুঙদা

পোৎথাক্লি পমশাহনা মপৈ মপৈ
য়াংলবা চীংগী চীংদোন্দা ।

লাইরবী ইমা কমা 'মনা
য়া-গী হী-বু ভোংহনা
লেমলৈ ঙাবু লুমহনা
হঙেন ইন-বু চীংলি
লাইজনা লংলবা পাংম্নাইদা ।

ওয়রসু পুখ্রি মপান কাবোকলৈ
পুখ্রিগী অকোয়বা পনথক্তা
ভাইবংনা শোয়দবা পুথাপলৈসু
মনা মকা ফয়া শাংতুনা
ওইরি লৈতেং পুখ্রীগী যজবা ।

থম্বাল কৌবী শকহেনবী সু
কোয়োহনবৈ মঙাল ফংলবদা
পুক্লিং হরাও নোমোন নোকচরি
পুখ্রিগী লাইজথক্কী লাইয়াইদা
অমদি অশংবা ঈথক্কী ইপোমদা ।

থরো অশংবী থারিক-থা সু
লাউজ পাংকী ইংলবা লায়াইদা
চীক্লবা অহিংগী থাজ-গা
মীংকা মীংকা চায়হনা
নুংশি য়ায়ী শান্মীয়রি ।

ভম্পাক লমগী লমনুংদা
চয়বা খুজংগী খোংগান্দা
শাংলী থম্মোয় মকারায়া
কামিনী, উভোংলৈ, চীগোংলৈ মা
থোংগাম গী লৈতেংবু ও ইহুনা ।

মীতৈ যুমগী যুমথোংদা
যুমগী শুমাং মঙোন্দা
তুলসীবুঙ্গী নাকয়েংতা
পাশংনৈ কাবোকনৈ, পিঙ্গারৈনা
থোগল তৌরি "তুলসী মহারাণী"বু ।

চীংনুং মায়ুংং কয়া হুংতুনা
নুংজাও নুংঙুম কয়া থেঙ্গায়দুনা
চেস্থরি চেল্লক্লি তুরেল শিংনা
তম্পাক লমগী লমনুংদা
অমদি মহাসমুদ্রগী মবুক তয়া ।

তুরেল শিংগী তোর্ব্বান্দা
পামেল উজাও কয়া কয়া না
লাইজ ঈশিংগী লপোরবু
শংত্রিক শংত্রিক য়েংদুনা
চীক্লা রারী শাম্মীম্নরি ।

নুমিদাংরাইরমগী পুংজাদা
অমম্বনা অঙানবদা ভেংথা মতমদা
চিদিঙ্গা লল্লোম্বাশিংনা তুরেলদা
নোংগী তাম্বাবু তপ্পা তপ্পা থা
শক্রুনা তাওথরি পুম্নিগী ভেংথাঈশৈ ।

খুল্লকী খোংবাল লুকপালদা
ইঙাগী নোংনা নোংঙাল্লকপদা
রাখলগী শায়বুঙ্দা অঙাংশিংনা
চে-গী কী-বু শেম-শাদুনা
শায়রী মরি মরি তাওথহয়া ।

চীং মচা মচা নিংথিবা কয়াদা
চা-গী বাগানবু শেমদুনা
অমংবা নোংঙুম ম'না হৌরি

উজাও কয়ানা মরক মরক্তা
বাগানবু উংলি থোগল তৌওম ।

তুরেল মচা কয়ানা লম্বী তিন্নদনা
ইঙাগী নোংজু মরক্তা
হৌ হৌ লাইটৈবে ইরাওথোম্ন
লমজেন য়াংবা তাম্নরি তংতনা
লাইবক চাওবী বরাক ব্রহ্মপুত্র তম্না ।

লৈজরি খুংলেমগী শহর নগর
অচৌ অশিংবক নাইনা থাম্মনা
বরাক ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বান্দা
খুঙ্গংগী মীংশেল ওইত্রনা
অতিয়াগী থরান মিচাক্না জগোল্ল শাওয় ।

লৈতেম মান্নবা লমদমশিংদা
হৈনম লৈনমগী হায়বা মনময়ক্তা
হয়াও মথোয় কারিচেক্লাশিংনা
শাবী শানৌশিংসু মথি ফোংঙি
বসন্ত না ফিরুক খুম্ন ইকাই খুম্নরি ।

তম্পাকলমগী ফজবা মাম্লথোঙবু
করম্না লোয়গনি শিংথাহনা
মীওইবগী খুংলেমগা প্রকৃতিগা
য়ারী শাম্মীন্নরী অতংঅথম লৈতনা
নুংশিবা য়ায়ী, অয়াবা য়ারী, নুংঙায়বায়ারী

---

## " কায়না মৈচাক "

খাংবা ঙমজরোয়
        কায়না মৈচাক
পুবা ঙমজরোয়
        পুঙমগ্রবা পোৎলুম
খাম্বী মৈচাক্লুম
        চাক্লবা পুন্সিনি
করিগী উৎপিরি
        নোহোনা অমুক
পাপ চেল্লবা
        ময়বা মীৎ'সিদা
মীনুংশি খংদ্রবা
        নংগী মীনোক্কো !

য়াশক পরৈনগ্রবসু
        শরী নমুংনগ্রবসু
নং ঐগী পুন্সিদা
        পুন্সিগী বসন্ত
পন্থুংফম য়োদম
        ঙমগ্রবনী লম্ময়ো,
নোংদমবগী নোংদমবনা ।

অহবু ! খংদে
        কনাগী মরাপনো ?
কনান হায়গনি
        কনান খংগনি ।
মপুনা মখংগনি ।
        নংঐগী লৌনমহ—
নোংদোম মাদনা ঊগনি
কায়না মৈচাকী
        ময়বা কাচিন্দো ।

---

# কলি যুগ

হে কলি যুগ ।
কলিগী যুগ—
নংগী কুম্মৈ অঙকপনি
নংগী কুম্মৈ মপান নাইদে ।
য়েংলু য়েংলুবদা
তাক তাকবদা
কুম্মৈ গী কুম্মৈ
পুন্নিং তুজুংবাঙজা ।

নংদি—
তাইবংপুসু ভাস্বএনচল্লী
"এটোম বোম" অমসুং
"এটোমিক এনার্জিনা"
ওয়রি থুংলাই নংগা
তাইবংগী মোংফম
তাইবংগী বৈতরণী তুরেল
হে কলি যুগ !
কলি গী যুগ ।

চাক মরু 'মা' ফাও
তাদ্রবা চাক শাওদা
হং তা তলসু
মচেং 'মা' তাদ্রবদা
চারাম চক্তংনরবা পুন্সি
নংগীদি থম্মোয় পেন্নবা
লেমজবা নুংঙাইবা মুর্ত্তি
হে কলি যুগ
কলি গী যুগ ।

থমোয়গী ইতিহাসতা,
থমোয় শান্‌বা মীওইবদা,
মীতৈ জাতিগী মন্নবা থমোয়নুংদা
থাওমৈ পোদোম্না ঙানবগুম,
ঙাম্লহনবীয়মে নংনা য়ুমথোং খুদিংদা ;
অকনবা মীতৈ অথোইবা ও !

ইমানা নংবু পোকপীদুনা
পোকচমন মহম য়াহ্লনখি,
থঙহনখি বৃটিশকী থমোয়দা,
তাকপীখি ইমাগী খোল্লাংজমম ;
শিংগনি করয়া ? কোকনি করয়া ?
তাকপীখি রারক রাজেন্দ্রীখি ,
মশাগী ওইজবতা খনবা ,
মশাগী কাম্নবতা থিবা ,
সুবেদার খেলেন্দ্রদাসু—
জাতিগী অচেৎপা বাশক ,
জাতিগী থৌদাংলোন ,
জাতিগী নুংশিনবা প্রেম ।

তেথখি নৌশখি থমোয়
খেলেন্দ্র সুবেদার গী
য়ুবরাজ নংগী মীয়বা ,
থোংজবা অমদি নোংশাগী ,
খোজেলহ্ ভাবদা মনাকোংদা ।

উহৌবনা তাহৌবনা
লেঙহ্রবা সাক্তীনি ,
ইপুধৌ নংগী থৌনাহ্ ,
লেঙহ্রবা চীংজাওবগী ;
মালেমগী অমম অঙালয়জা ।

ইম্ফাল জুরেললা
তেংথারি ওসিফাওবা
মুংগুমদ্রবা, তংগুমদ্রবা
ঈচেলগী পীরাং শিন্থত্রনা
মণি পোকপী মণিবুঙদা
মীতৈ পোকপী সনা লৈবাক্তা।

লান্দা থোবা অথোবা ও!
কে মীতৈ পনঙাকপা ও!
মীতৈ লৈবাক ঙাকশেনবা ও!
কল্লক ইদা! কল্লকুইদা!
নংগী থোনা, নংগী লিংজেল
য়োংকী থমোয়! নংগী য়োংকী থমোয়।

অহুবু, চৎত্রে নংদি—
ইমাদা কংপীরম্লগা
চাওরবা মহাযজ্ঞ'গা
ফাঁসিগী মীৎকুপ্তা
বিদায় লোয়রগা
পূণ্যগী—লম্বীদা
থম্বীরম্লগা নচাশিংবু
অমম্বা লোকনুংগী লমনুংশিদা।

# আহংগী তন্দন

মপুং ফাব্রবা পুন্সি—
হায়খি নোংমা পাবুংনা
নহাক্ থক্তো লোয়রে ঐ সে !
সার্টিফিকেটতু হুন্দোকখো
অমাংশংদা ।

বেচলার ডিগ্রী লৌবগী তুং
চহি কুমজ নিপাল্দগী অয়ামঙা
তাল্লকুবনি পুন্সি তাক্কক'মা ।

ঐগী পুন্সি
ঐনা খঙ্ডিঙু :
ঐ করি ওইরি ?

Middle class morality
অঙাওবগী চোইরোন
ঙমদে নিঙশিঙদবা ।
য়াংমল্লকসু য়াত্তোন
ফমদেকই ঙাক্রা
নেম্মল্লবসু লৈতঙ্গায
তোকই খোংনেংনহুনা

থঙত্রে, অহুব্র !
ঐগী পুন্সিদিবু
অঙ্ক'মগী লীলামরা ?

হুমাং ঈরি শিন্থনা
শিঙ্ থায়রিবা নিপাসি
কালেনগী মৈশা থাঙহনা
য়োংপাক য়াল্লবা নিপাসি
হুমাংমন ফংগনি, খংদি শোয়দনা ।

থেঙলবা নোংরায় চবুক্তা
হুয়ানুবৈ নেশানা ঙাওরবা
মীওইশিংগী লম্নীদা
মতেং পীরি
অহিংগী তন্দম্না।

চাকৃতাফম্ থিদুনা পাইরি
কুফেং কাফেং ত্তোদুনা
মীনা চঙবদা হক্নোয়রবা
মোংশোংদা, নাপীশিংবীরক্তা।

অহুবু—
ঐগী রাথলগী লংলাদি
মতং মত্তং তংখ্রে হৌজিক।
শমজিনবদা রারবা মত্তংনি
তন্দনগী পুন্সি কুফেং কাফেংগুম।

# ঐ থোয়গী বাপুজী

তাইবং ইপাক্তা
সমুদ্র ময়ায়দা
সাইক্লোন মাংহ্নোক্লখি
কম্না হম্না
হিনাও মচা'মা তোংহুনা।

থবক্কা পুন্সিনি
থবক্কা ধর্মনি
বাপুজীনা বাশকখি
গান্ধীজীনা পাংথোকৃখি।

গীতাগী থিওরিবু
থবক্তা ওলহন্‌খি
গান্ধীজীগী অথোয়বিটিদি
গীতানা ওয়খি ।

অমাংবা ফিজোল
অমোংপা থযোর
মীওইবগী শুদোরবা
সোডা সাবোন
শেমখি গান্ধীজিনা
মথম্মোয়গী ফেক্টোরিদা ।

মতম শাংনা
নিংহন্নবা লৈজতনা
নোংমকপগী মতৈজনা
থদংপদা য়ারবা
লংগী মশক ওইখি ।

ভারত মী পুম্বনা ওইখি
জিকী পরেং পয়েং
ওইখি শরুইবা 'মা
ঙঙহনখি মাজেমদসু ।

মীওইবগী থরামবু
মীওইবনা পেলহনখি
বাপুজিনা পেলহনখি ।

মীওইবনা নেচরবু
ওলহনবা ঙম্মি, মওল মওল
করিগুম্বা স্বার্থত্যাগকী
মরীল লৈবা ওইরবদি মীশক ।

জহ্না—

ওলহনুখ্রে লেমদোকুখ্রে
নেচরবু তোমনা তোমনা
ঐখোয়গী বাপুজিনা
বৃটিশপু ওন্থংখিবা
বাপুজিনা, গান্ধীজিনা

---

## অঙাং ঐগী বাশক

পলেমগী তম্পাক্তা—
ঐদি পীক্লিবা অঙাংনি,
ওয়াংদৈত থঙজবনি
তাইবং লোম থজিক থজিক
লহানদৈত হৈজবনি
তাইবং খোংথাং পোংলি পোংলি।

ওসিদা অমুক চমজরবনি
ওসিদা অমুক থঙজরবনি
তাইবং লাইশোন শোজবা
তাইবং মপুবু নিংজবা
তাইবং মপুবু খুরুমজবা।

মপু মাগী থোইনশিন্না
ইবুংঙো মাগী থোজালনা
ক্লেংঙু ক্লেংঙু খুদিংদা
উজবা ফংজগে মীৎসিনা
তাইবংগী অশেংবা লম্বী
তাইবংগী অচুম্বা লম্বী
তাইবংগী ধর্ম্মগী লম্বী।

ঙোয়ৌহনবৈ—

মনা অকিং মচু মঙালময়ঙ্গা

থাজগী—

লংজবা লুপা মচু মঙালময়ঙ্গা

অঙাং ঐস্নু ঙাহৌরক্লি

পলেম পস্থোগী মীংকুপ পুংজাদা

পলেম পস্থোগী য়াঙোন্দা।

ফিরেপ মপুংঙ'ময়ঙায়

য়াখলগী ফজবা থিনা থিনা

শকচ লোঙ্গগে থম্মো'য়গী মন্দিরদা

শঙ্কাইবা মীথোয় মীহেনবশিংগী

পুন্সি ভোর্ঈবান্দা লেপচত্না

মথোয়গী লংজবা মনি গী গুণবু।

মালেমগী—

অময় অঙাল ময়ঙ্গা

লানথেংনরি মীঙইবনা

মীংকুপ খুদিং পুংজা খুদিং

ভাইবংগী লানবুঙদা

ভাইবংগী লাল্লা'দা।

অঙাং ঐস্নু

ঙসিদি—

লানথে'লগে, লানঙমলগে

পাঙ্গল মপুং ভায় ভায়

পলেম পস্থোগী থোংলোয় তুংইন্না

খোংগুল মহুং লিনা লিনা

অমদি পুন্সি য়াশক পইরেচেংনা।

# শক্লোন পুবী

শক্লোন পুবীনি
    শক্লোন পুবী মহাক্কী,
মওং মওংগী
শান্নবুঙদা শান্নরি
    শান্নবা মওং কয়া কয়া ।

থুপ্পুনা হৈংলি
    মচিমদা তুমিন্না কমতুনা
শান্নবা মওং কয়াবু
    মীৎকম হোংদনা ;
    মচাক্তি শক্লোন পুবীনি ।

মন্নবা অহিংনা
    মহাকপু মশক খঙদে,
মচু মশক তাক্লে ,
    মঙাকপু ফংজবদা
    তাকই মচুগী মচু,
মশিঙ তক্কেনা
    হেন্নবা মচুগী মচু,
        তোঙান তোঙানবা শাক্লোন্দা
        অয়ুক অমদুং নুংশিন্দা ।

পাখি মালেমগী
        মচু শঙলবা লম্পাক্তা
জীব অমদি পোৎশক্কী
        মওং মওং, মথল মথল
        মন্নবা অহিংনা,
ওইহল্লি মচু অমত্তা ;

মচু মশক ফোঙদনা
তাক্কনা মচুগী মওংবু।

ঙিনথ্রে অহুবু শক্লোন্‌পুবীদি
ময়ামগা অমত্তা ওইনা ;
হে পুক্লিং ! হে থবায় !
য়েঙঙ্ককো ! নংসু মীৎকম হোংদনা।
শাগৈ নাইতে অমদি—
য়েক-শলাই ঙিনথ্রবনি
অমত্তনি, অমত্তনি, অমত্তনি
শক্লোন পুবী মহাক্কী মফমদদি।

---

## ছাত্র ঐগী পুন্সি

ছাত্র ঐগী পুন্সিদি
ঐগী পুন্সিগী থৌদাংনা
অশেংবনি, অরেপ্পনি।

ঐগী পূন্সিদি পীক্লিঙৈদা
পজেমনা নাওয়োক্পীরে
পম্বৌনা নাওকোনবিবে
পজেম পম্বৌগী তম্পাক্কা
চাওক্লরে, নীঙথম্লে।

শিন্নবীরে হৌজিক্তি
পজেম পম্বৌ অনিনা
শিল্লম কৈয়াক তয়বা
শিন্দমগী ওঝাদা।

ছাত্র ঐগী পুন্সিনি
লাইবিক-লাইশু তম্বত্তনা
ঐগী অরোম্বা পুন্সি নত্তে;
পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংদা
পুন্সিগী অশেংবা লম্বী য়েংনা
ইরুং চং শেমজবত্তনা
ছাত্র ঐগী ইথোনি
ছাত্র ঐগী রাশক্তি ।

পুক্নিং রাখল লৈস্ফ চংতম্দনা
অনিংবগা অয়েপ্পগা
অচুম্বগা অশেংবগা
চকচাংগী তুংখোং খুদিংদা
য়েংন্দুনা রাশক লৌরগা
থমোয়গী মরুপ থরায়তবু
য়োকখংপা চিংজনবত্তনা
ছাত্র ঐগী পুন্সিগী থৌদাংনি ।

শক্লাইবা ওঝা গুরুশিংগী
রায়েল পাওতাক কয়াবু
থমোয় চেংনা নীংতুনা
পুক্নিং অনি লোংডনা
পুন্সিগী চাংখৎলম্বী
পন্থুংফম্ তান্‌বত্তনা
ছাত্র ঐগী রাশক্তি
ছাত্র ঐগী পুন্সিগী লম্বীনি ।

---

## —শকখিনি বীনা'সি ঐগী—

শকখিনি বীনা'সি ঐগী
শকখিনি শৈশক চুম্বা
করিগুম্বা মহৈ গী
মাইপুবী লাইরেম্মনা
পীবিরবদি থোজাল মীংয়েং
ভোল্লবগী খুংথংতা
ভোল্লবগী পুক্নিং রাখলদা
লোয়ননা যন্ত্রসিনা হন্দ্রদি
করিগুম্বা মথৌ মশাগী

অঙুল-অমন লাইগুরু
ইপা ইপু ইমা ইন্দোম্না
অয়ুক নুমিৎয়ুংবা-নুমিদাংরাইরম
মতমগী তাইবং লাইশোন্দা
তাইবংগী তেংথারোল চৈশে
শকখিবা শোনখিবা নুংশিনা
তাইবং কৈথেলদা—
বীনাসিগী মতেংনা
শকখিনি শোনখিনি
হন্না হন্না ঙসিসু ।

যুগ যুগকী কবি অবতার কয়া
ঋতু ঋতুগী মাঙন্দা খোংদারবপা
শৈরেংবা শিংগী মগুনবু
অমদি নৌরবা শাথেক কয়াকয়া
কৌরবী ঐগী বীনা'সিনা
শকচংগে শোনজগে হায়রুনা
শৈশক-অরিক্ চুম্বা খোইথঙ্ম্না
অগী বীনাসিগী মতেংনা ।



